


# প্রস্তাবনা ।

শ্রীওইবগী [illegible] তৌথংনবগী অঁমদি থৈংত্রবা পম্বুংকদ [illegible] [illegible] থ[illegible] হেন্না কর্বা উপায়দি মহাত্মাশিংগী লিচৎপু তাজবা, পাজবা অমসুং সংসঙ্গ তৌজবনি। যুগ অসিগী মহা পুরুষশিংগী মহুংদা মহাপ্রভু চৈতন্যদেবগী মকম্না থ্বাইদগী হেন্না য়াংই। ইবুংঙো মহাক্তি ভক্তিগী মশক নাইরবা অবতারদা অমহিকসুং প্রেমগী থৱাই পান্নবা ঙম্মনি। চৈতন্যপ্রভুনা পৃথিবীদা খোংদাবিরকপদি জীবশিংগী য়াইফনবগীদমক্তনি।

মহারোলশিংনা চৈতন্যপ্রভুগী লীলাবু থৱাই হকচাং য়াওনা মৈনজরবদি জীবশিংবু মুংশিবা, অচৌ-অৱাংগী চাউথোকপা লৈতব অমসুং উপমবু "থাজবা উইবা ওমগনি; অসি খল্লদুনা 'চৈতন্যপ্রভুগী অপম্বা লীলা' কৌবা লাইরিক মচা 'অসি স্বজাতিগী মকমদ পুথোক্লবা হোৎনৈজে। মসিদা সহৃদয়শিংগী সহানুভূতি কংজব জগন্নায়ক পরমেশ্বরদা নিজরি।

আশ্রব

শ্রীঞ্যত্ববীর শর্ম্মা

(উপনাম—চৌদ্রিময়ুম অতোঁম্বা শর্ম্মা

ইম্ফাল

৫ জুলাই ১৯[illegible]

# নিবেদনম্

—:():—

কলৌ চৈতন্যরূপায় কৃষ্ণায় পরমাত্মনে।
গৌরাঙ্গবিষয়া ময়া পুস্তিকেয়ং সমর্প্যতে॥

মাতঃ! ত্বং রত্নগর্ভা জনি তব জঠরে দুর্লভঃ শ্রেষ্ঠপুত্রঃ
যস্য শ্লাঘ্যৈ র্যশোভিঃ খলু নিখিলদিশঃ সর্ব্বদা ভাস্বরাঃ।
তস্য শ্রীগৌরচন্দ্রস্য চরণকমলে প্রাঞ্জলি প্রার্থয়েহহং
শ্রীকৃষ্ণাকর্ষণীং বৈ ভবভয়হরণীং নির্মলাং প্রেমভক্তিম্॥

—()—

ইমা! নহাক অসি লাইবককবী গর্ভদা রত্নপুবীনি
নহাকী গর্ভদা ফংঙমম্লবা অয়োইবা নচা পোকখ্রে
নচাগী থাগৎনিঙাই ওইবা মীংচৎকী মতেংনা
তানবে থাইকৈ'প্লবা মতম পুন্নমক্তা।
গুণ'পূর্ণবা লৈতেংবা শ্রীগৌরাঙ্গগী
খুয়া থবালদা খুৎলোমজরুনা
শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু চিংশিন্নবিরকপী
সংসারগী অকীবা মাংহনবা
মজুবা প্রেমভক্তিবু
নিজরি ঐনা॥

[illegible] শর্ম্মা।

# বিষয়সূচী



---

## তেংবাংবিরকপা

খৃষ্টাব্দ ১৯৪২ (অনিশুবা লাম্ভাওগী মতম) দা রাজপণ্ডিত এাত্তবীর শর্ম্মা গুরুদেবনা ইহলোক থাদোকখিবদগী খুদোংথবা অমা ওইখিছুনা "চৈতন্যপ্রভুগী অশংবা লীলা" কৌবা লাইরিক অসি মতমচানা কোঙবা ওংখৌদে।

১৯৬৭ ইংদা মণিপুর সরকারনা শেলগী তেংবাং পীবিরকপনা ওসিদি লাইরিক অসি কোঙবা ওমজরে। মসিগীদমক পুকচেল চাউরবা মণিপুর সরকারগী মকমদা থৌজিমল থগবা উৎচরি।


| নবীনসংস্করণ | প্রকাশক |
|---|---|
| শ্রীপঞ্চমী | শ্রীচৌড়িজমযুম গোকুলচন্দ্র শর্ম্মা |
| শকাব্দ ১৮৮৯ | ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল (মণিপুর)। |

# "চৈতন্য প্রভুগী অশংবা লীলা"

## আদি লীলা

চহি ৪০০ রোমগী মমাঙদা বঙ্গ প্রদেশকী নদিয়াজিলাগী মফমুং চনবা নবদ্বীপ ধামদা গৌরীয় ভক্তশিংগী অথোইবা লন শ্রীচৈতন্য দেবনা শকাব্দ ১৪০৭ (খৃষ্টাব্দ ১৪৮৬) কী ফাল্গুন পূর্ণিমা মুমিত্তা পৃথিবীদা পোকপীরকই। চৈতন্য-দেবগী মপাইবুংঙোগী মীংনা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র-কোই অমসুং মমাগী মীংনা শ্রীশচী দেবী কোই।

অঙাং অসি য়াম্না কৌজে অমসুং ঙোরোক ঙোই। অহুনা মী পুম্নমক্না অঙাং অহুবু গৌরাঙ্গ কৌরমই। মহাক্কী নামকরণ (মীং থোন্নবা) মতমদদি "বিশ্বম্ভর" হায়না থোনখি; অহুম ওইনমক মমানা য়াম্না পুংশিজবদগী 'নিমাই' হায়না কৌখি। অহুনা সংসার অসিদা অঙাং অমিগী মমীং "নিমাই" নত্রগা "নিমাই-পণ্ডিত" হায়না কাওই।

হিন্দু ধর্ম্মগী অরুবা চাংয়েংগী মতমদা মহাত্মা শ্রীচৈতন্যদেবনা পোকপীরকপনি। মহাক্কী অমৃতগা মান্নবা য়াঙাংনা হিন্দু ধর্ম্মদা অনৌবা মঙাল অমা পীরমই অমসুং হিন্দুশিংগী চাকলবা থম্মোইবু ইংহল্লগা কৃষ্ণভক্তিগী ঈচেলদা লুপ্‌হনখি।

শ্রীনিমাইনা পোকপগী মতম অসি চন্দ্রগ্রহণ ঙোখি। গ্রহণ থীরকপা মতম অহুদা মী পুম্নমক্না গঙ্গা স্নান তৌরগা 'রাম কৃষ্ণ হরি' অসিনচিংবা ভগবানগী শেংলবা নামবু শোল্লমই। মতম

অহু নিমাইনা মসি খঙহনহিগে নিংচনা কোংদোকপীরকপা ওইবা ভাই মহুদি—মহাত্মা পোকপীরকপদি ভগবানগী নাম শন্দোক্লবগীনি।

অঙাং ওইরিঙৈদা নিমাইবু নাওশুমদা হাপ্তুনা শুম্বি। করি করিশুম্বদা নিমাইনা হেক কপলকপগা কৈরোই লৈকাই, য়ুংলোন কৈরোম্নবগী নুপীশিংনা নাওশুমগী নাক্তা কমলগা 'হরি-বোল হরিবোল' হায়দুনা কীর্ত্তন (শক-শোনবা) তৌই। মসিদগী নিমাইনা কপ্পা তোকখি অমস্তুং হরাওনা শাম্লখি।

মপা ইবুংঙো শ্রীজগন্নাথ মিশ্র অহানবদা শিলেট্টু লৈরমই। মতুংদা শিলেট থাদোকলগা নদিয়া জিলাগী নবদ্বীপধাম ঙসিদা লাক্লুনা গঙ্গা মপান্দা লৈরবনি। জগন্নাথ মিশ্র অসি পণ্ডিত অমনি, পাঠশালা অমদা ওঝা ওইরমই। অহানবদা মচানুপী ৮ পোকই; ৮ অদুমক অঙাং ওইরিঙৈদা লোইনমক শিখি। থরা লৈরগা মচা নিপা অমা পোকলে। মচা নিপা অহল অদুগী মমীং বিশ্বরূপ কৌই। অদুগী মথংদা নিমাই অসি পোকপনি। নিমাইনা মমা মপাগী ইতোন তোনবা মচানি। অতোন অতাং ওইবা অমস্তুং মশক মতৌ ফজবা শুণচেনবা অঙাং অমা ওইবনা নিমাইবু মমা মপা অনিমক্তা মথরাইদগী হেন্না নুংশি তৌরমই।

নামকরণ সংস্কারগী মতমদা অঙাংনা করি পাম্বগে থঙননবা অঙাংগী মাঙদা অচাপোৎ, কি, খুৎশু-খুৎলাই, লুপা, সনা অমস্তুং লাইরিক অসিনচিংবা পোৎশিং শেমশাদুনা থনমই। নিমাইনা শন শানা চৎলগা পোৎশিং অদুগী মনুংদগী শ্রীমদ্ভাগবত লাইরিকং ভদা খুৎ থমদুনা মশাগী অপাম্বা কোংদোকখি।

থাঙ্গৎলেংবসু নিমাইনা অগাং ওইরিবৈদগী শাস্ত্র কয়াবু চংখোননা খঙবা ঙমখি। মহাকী নিংশিংথগী পাঙ্গল অসি য়াম্না কন্নমই, অমুক্তং খঙ্গ্রবা অমদি তাপ্রবা অহু মহাকী পুন্সিদা কাউবা অমুক লৈত্রে। মরম অসিনা নিমাইনা য়াম্না থুনা স্মৃতি, ন্যায়-দর্শন, বেদ, পুরাণ অসিনচিংবা শাস্ত্রশিংগী ঙমখৈ কংবা ঙমখি। চহি ১৬ কৌ মতাংমক্তদা 'নিমাই পণ্ডিত' হায়না কাওখি। লাম্ন-লাপ্নবা লম কাওবা মহৈগী মীংচৎনা শিনবা থুংখি। নিমাইদি পুকচেল চাউবা মহাপুরুষ অমনি।

অগাং ওইরিবৈদা নিমাই অসি য়াম্না ঙাওরমই। মচাবু লাকশিনবা মমাইবেমা শচী দেবীদা য়াম্না য়ানা থোকলমই। নোংমা নিমাইনা কৈদৌ কোন্দুনা লৈরিবা লিলগী মথক্তা কম্মুরে। লিল অহুম্ন মতোক কন্দোক্নুনা হরাওনা হাই-হুমদুনা লৈরমই। নিমাইগী মওং অহু উবদা মমা অমম্মুং ময়াম্বদি কৌবনা থক থক নিকথরে। নিমাইদি লিলগী মকোক্তা মথুৎ থমলগা নোকখি। মতুংদা নিমাইনা হন্দোকলকলবদা লিল অহু মফম অহুদগী চৎখি।

হরাও-ওয়াম্বা অমদি মমাম্নবশিংদা লক্ল-থোৎনবা অসি নিমাইনা য়াম্না পামলমই। অহুনা মমাম্নবশিংনা গঙ্গাদা ইরোইরিবৈদা গঙ্গা মপান্দা থনম্বা ফিশিং অহু লোৎশিল্লগা ময়ামবু লকনৈ। অসিদা নত্তনা ফিশিং অহু অমগা অমগা ওন্থোক-ওনশিনসু তৌই। অম্নম তৌবা অসিনা নিমাইগা তিন্নজবসি মমাম্নবশিংনা য়ামনা পামদ্রে, অরাবা য়াখল থদে। নোংমা অমম্নু নিমাইনা লাইরবা ব্রাহ্মণমচা শ্রীধরবু খঙনা খঙনা লকনরমই। শ্রীধরনা লকোইনচিংবা

ইটেহ হোল্লি। নিমাইনা যোল্লিবা অহুবগী পোৎ অমা হেক্তা লোই, অদুগা মদুদ গল্লিক্তা পীনবা হোৎলৈ। অতৌ অদুদা নিমাইনা শ্রীধরবু শাওহনবা হোৎলৈ। শ্রীধরগী পুকচেল তিংবা অমদি ভক্তি অদুদা নিমাইনা শ্রীধরবু যাম্না চুংশিখি; অদুগা শ্রীধরনসু নিমাইবু যাম্না চুংশিলে। অদুনা করিগুম্বদসু অশাওবা মওং অমত্ত উৎলমদে। শ্রীধর অশেংবা ভক্ত অমনি।

নিমাইদি যাম্না চাউরে কনবা অতাংনি। মমাম্না মরূপ মপীজাশিংদগী মহাক্না চাউ-শাংবা হেল্লি। তাংখোক শকতোক্লকপদা মচিন মখাম্ম যাম্না চুংশি। নিমাইগী মশক অদু হেক উবদা চুংশিদবা কনামু যাওদে। অপে.ই শাবা, ঈশ্বৈ শকপমু পোক-পদম্মী চেম্ররূপা ওইনা তৌই, যাম্না কজে, যাম্না চুংশি। মহাকি ঈশ্বরগী মরিদা তাক্তা ঈশৈ শকই। শিকনিথৈদনী হোনা ইয়োইবসু যাম্না লৈ। মমাম্না হায়রৈ—পজাদা নিমাইনা ইয়োইমদি য়েংবদা যাম্না চুংশাই, তামুনা ঈশিংনা ইয়োইবদগী হেন্না কলে।

নিমাইগী মরূপা বিশ্বরূপনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদা লাইরিক তমজনই। মমাগী মাথংদগী নিমাইনা মরূপবু চাক চানবা কৌবা লাকই। মতম অদুদা অদ্বৈতাচার্য্যনা নিমাইবু ইহান হান্না উবা কংখি অমসুং নিমাইগী কজবদু উবদা ইওক ওকনা য়েংচুনা লৈখি।

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রজীনা মতমচানা শাস্ত্রগী বিধি মতুংইন্না মচা নিপা নিমাইবু লোগুণ থাংকিনমই। উপনয়ন সংস্কার (লোগুণ থাংবা) গী মতম অদিদা নিমাইগী মমীং অমনা 'গৌরহরি' হায়না কৌখি।

অহল-লম্মনবা হায়নবদগী নিমাইনা তাখি। মহুদি—অশিবা শা, ঙা, উচেক অমম্তুং মীগী শরূ অহু গঙ্গাগী ঈশিংদা থাদরবদি মখোয় পুন্নমক শোয়দনা মুক্তি (অয়ান থুডম) ফংই। মদি তাবদগী জীবশিংবু মুংশিবনা নিমাইনা মমায়বা মরূপ মপাংশিংগা লোয়নবা গঙ্গা মপান্দা তারিবা শরূশিং অহু খোমলগা গঙ্গাদা থাদে। মপা ইবুংঙোনা পাউ অসি তাবদা নিমাইবু ফুগে চৈগে লাকই। নিমাইনা মপা ইবুংঙোদা মপুক্লিংদা থম্মরিবা জীব মুংশিবগী রাখল অহু হঙৎচৈ। মচাগী অশেংবা ফজবা পুকচেল অহু উবদা মপা ইবুংঙো জগন্নাথ মিশ্র অহু হায়নিংঙাই লৈতনা পেনখি। অহুনা অশাওবা কোকথিহুনা মচাবু মুংশিনা কোনবিখি।

মথক্তংসু পনখরে—নিমাইগী বুদ্ধিদি অঙকপনি। অমুক্তংবু তাঞ্জরাং মরম অহু মপুম্নিদা কাউবা অমুক লৈত্রে। অহুগী মথক্তা নিমাইদি লাইরিক পাবসু য়াম্না কল্লি। অহুনা লাইরিক তম্বদা মতম কুইনা চংদে; লাইরিক পুন্নমক য়াম্না থুনা হৈবা ওমখি।

মপানা মহাকপু ন্যায়শাস্ত্রগী অখোইবা পণ্ডিত বাসুদেব সার্ব্ব-ভৌমগী স্কুলদা লাইরিক তমহল্লমই। রঘুনাথ শিরোমনি মহাক্না লাইরিক তম্মিনবা মরূপ অমনি। মহাক্না ন্যায়শাস্ত্রগী 'দীধিতি' কৌবা লাইরিক অমা ইরমই, মহু ওনিসু কাওরি। ন্যায়গী অতোপ্পা লাইরিক অমসু নিমাইনা ইরমই। মোংমা গঙ্গা লানবা মতমদা রঘুনাথনা তকশিল্লকপদগী নিমাইনা মশাগী লাইরিক অহু পাহুনা রঘুনাথবু তাহল্লমই। নিমাইগী লাইরিক অহু তাবগা রঘুনাথ

শিরোমণি অমুক্ত কপলকলে, মীৎতগী পীনা অতৎ অথম লৈতনা শিন্নরকলে। স্বরূপ-নিংলবা পুরুচেল চাউরবা নিমাইনা মচু উবদা হুংজাইরমদে। নিমাইনা কল্লগী মরম হংলকলে। রঘুনাথনা খোন নিক্না নিক্না খুমলকই-নহাক্কী অসিগুম্বা অকবা লাইরিক অসি লৈরিঙৈদা ঐগী লাইরিকপু কনানা হংবিরগনি? হুমিৎকী মতাম লৈরিতৈদা থাংবৈগী মতামনা করি কারগনি?

রঘুনাথগী বা অসি তাবগা নিমাইনা মশাগী লাইরিক অমুক্ত গঙ্গাদা লংথখি। অদুগা রঘুনাথবু হুংশিবা বাহৈনা থেমজিনখি—মরূপ! করিগুম্ লৈতবা থবক অসিগীদমক নহাক করিগী বাবিথনো?

মরাম্বা বিশ্বরূপনা মশাগী চহি ১৬ শুরকপদা মযুম মকৈ পানবগী রাথল থাদোক্তুনা মুমদগী চৎথরে। অদুগা সন্ন্যাস ধর্ম লৌখরে, অমুক হল্লকখিদ্রে। মমা মপানা মচা কায়নবগী রাহোই। মতম অদু নিমাইদি চহি ৬তা ভাইহৌরি। শচীমাতাগী মরাইবক ওল্হোকপনি—মচা অহল লৈখিদ্রে, মকম থঙখিদ্রে; মচা অতোনবা নিমাইসু মযুম মকৈ পুবা ওমদ্রি। চহি ১১ তমক শুরি। মতম অসিদ মপুরোইবা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা মীরমলেন অসি থাদোকত্তুনা লাইরমলেনদা তিনখরে।

নিমাইনা চহি ১৬ শুরকপা মতমদা মশাদা অঙকপা মতাম অমা কাওরকই। মমাগী অপাম্বা মতুংইন্না নিমাইনা স্কুল (টোল) গী ওঝা ওইদুনা ছাত্রশিংবু লাইরিক তম্বিবা হৌরে। খেল করামরুম কংবা হৌরে। মতম অদু নবদ্বীপতা অকাওবা পণ্ডিত য়াম্না লৈরম্মই। অদুম ওইনমক নিমাইগী মীংচৎনা পণ্ডিতশিং

অদুবু নমহৎলমই। নোংমা নোংমগী ছাত্র মশীং হেন্‌হৎলকলে। ছাত্র রামখিবনা স্কুল অদু চলক্লে। অদুনা হরিদাস ঘোষ কৌবা মিপা অমগী শজোইদা স্কুল অদু হোংজিনখি। ছাত্রশিংনা নিমাই পণ্ডিতপু রাম্না সুংশি অমসুং কীনা চৎলি।

মমানা পণ্ডিত বল্লভাচার্য্যগী মচানুপী মশক মতৌ করমরী লক্ষ্মীদেবীগা নিমাইগা লুহোংখিরে। লক্ষ্মীদেবী লিচৎ কক্কী ভূপী মচানি। থাজেংশেংবা যুমগী লক্ষ্মীনি।

নিমাইগী মরোশিং হায়নিংঙাই লৈতনা থোরমই। নোংমা নিমাইগী স্কুলদা পণ্ডিত অমা মনাই মশন, শগোল শামুগা লোয়ননা পুংজাও খিন্দুনা জয়পত্রপা লোয়ননা লাকখি। পণ্ডিত অসি—কাশীনচিংবা মফম অয়াম্বদা চৎতুনা অকাওবা পণ্ডিতশিংবু মাইথিবা পীরকলবা অকাওবা দিগ্বিজয়ী অমনি। মহাক্না নিমাইগী মীংচৎ তাবদা রাম্না কল্লকখি। অমুক্তং নিমাইবু মাইথিবা পীগে হায়বসি মহাকী বাশকনি।

পণ্ডিত অদুবু হেক উবদা নিমাইনা ছাত্রশিংগা লোয়নবা লেপথৎতুনা স্বাগত তৌই। পণ্ডিত অদুবু নিংথিজবা আসন অমদা ফমহল্লগা নিমাইনা নোল্লক্না হঙ্গচৈ—ওঝা ইবুংঙো, ওঝাগী মীংচৎনা ভারতকী মফম খুদিংদা ঙাল্লিবনি। ঙসি ওঝাগী ছত্র-ছায়া ফংজনুনা ঐথোয় পুম্না পোকপগী মহৈ য়াল্লে। ঐদি জ্ঞান লৈতজিবা অঙাংনি। পতিতপাবন ওইরিবী—গঙ্গামাতাগী মরমদা খরদং তাকপীয়ু।

পণ্ডিত অছুনা গঙ্গামাতাগী স্তুতি শৈরেং মরাম থীহনা মরাপু ছকহনখি। নিমাইনা শৈরেংশিং অছু চিনকা অমুক হায়রগা স্তুতিশিং অছুগী মরমদা শন্দোক্না তাকপীনবা অমুক হায়জরকই। পণ্ডিত অছুনা হুজিক্কা—অনৌবা শ্লোক শেমদুনা হায়দোকখ্রিবা স্তুতি পরেং অছু নিমাইনা অমত্তা চিৎথদনা হায়রকপা অছু তাবদা ঙকবা ঙমখিদ্রে। অছুনা পণ্ডিতনা হংলকই—ঐনা হায়খিবতা ঙাইখিবা শ্লোকশিং অছুবু নহাক্না ইরাই লাইনা অমত্তা চিথদনা হায়বা ঙমলিবসি কদ্দিননো?

নিমাইনা খুমজরকই—ওঝা ইবুংঙো, মী খুদিংমক অসি চপ মান্নদে; কনানা অনৌ অনৌবা শ্লোক নিংথিনা শেম্বা ঙমই। কনা অমনা চিনকাদা ইরাই লাইনা হায়দোকপা ঙমগে। নিমাইনা হায়জরকপা মতুংইন্না পণ্ডিতনা শ্লোকশিং অছুগী অর্থ শন্দোক্না হায়রে। মতু লোইরগা নিমাইনা পণ্ডিতকী অর্থদা অয়ানবা য়াওখিবা অমদি শ্লোকতা লৈখিবা দোষশিং অছুসু মরেক লানা উৎখি। নিমাইনা পুখোকলকলিবা দোষশিং অছু পণ্ডিত অছুনা য়াদবা ঙমখিদে। মতৌ অসুমনা নিমাইনা দিগ্‌বিজয়ী পণ্ডিত অছুবু নোক্না নোক্না (ইরাই লাইনা) মাইথিবা পীখি। অদুগা দিগ্‌বিজয়ী পণ্ডিত অছুনা মাইথিবা ফংলবা অছুদা নিমাইবু থাগৎলমলগা নবদ্বীপতগী চনখি।

দিগ্‌বিজয়ী পণ্ডিতপু মাইথিবা পীবদগী নিমাই অমুক হেন্না কাওথরে। মাগী মতিক মগুণবু মী খুদিংমক্না মতম পূম্নমক্তা শক শোয়থরে। মতম অদু নবদ্বীপতা স্বামী ঈশ্বরপুরী লেংঙকই।

নিমাইবু উবদা স্বামীজী অদু শুমহংখি। নিমাইনু স্বামীজীদগী ভগবান্গী নাম মহিমা তাবা কংহুনা প্রেমদা লুপখি। মতো অমুমনা নিমাইনা ঈশ্বরপুরীদগী হরিনাম মহামন্ত্রগী দীক্ষা কংখি।

মতম খরা নিমাইনা পূর্ব্ববঙ্গদা লৈহুনা নামকীর্ত্তন প্রচার তৌরমই। অসোমদা নবদ্বীপতনা লক্ষ্মীদেবীগা শচীমাতাগা লৈহোই। মপুরোইবা কায়নবগী থরাই মুংতাইতনা লৈরিবা লক্ষ্মী দেবীনি। মহাককী লুংতাইবা মতম কুইখিদে। পূর্ব্ববঙ্গদা নিমাইনা লৈব্রিবৈদা নবদ্বীপতা লক্ষ্মী দেবী ইখও খঙহোদনা শিখিরমই। অয়াম্বনদি লক্ষ্মী দেবীনা শিবসি লিলনা চিকপনি হায়নৈ। শচীমাতাগী অরাবা অমুক হেঙ্গংলে। মপুরোইবা কায়নরে, মচা অহল মাঙখরে। মচা অতোনবমু নাক্তা লৈতে; অদুগী মথক্তা লুংশিজরবী মমৌ লক্ষ্মীদেবীমু সংসারলীলা থাদোকখরে। হুজিক মুম অদুদা শচীমতা মথন্তু ঙাইরে। পাউ অসি নিমাইনা হেক শ্মাবগা য়ামনা থুনা পূর্ব্ববঙ্গদগী নবদ্বীপতা হলকখি।

মতম খরা মমামচা পুকমেন-পাউমেন্নহুনা লৈমিন্নরবগী তুংদা শচী দেবীনা মথরাইদগী হেন্না লুংশিজরবা মচাগী অনিশুবা মমৌ অমুক থিনবা হেংৎনরকলে। নিমাইনা মমাগী অনিংবদু হিক্তোকপা ঙমখিদে। শ্রীসনাতন মিশ্রগী মচানুপী রূপগুণদা চংথোক্সবী শ্রীবিষ্ণুপ্রিয়া দেবীপা নিমাইগা অমুক লুহোংতে। মতম অসি নিমাইগী চহি ২০ শুরে। লুহোংবা মতুং মতম খরা লৈরগা নিমাইনা গয়াদা পিতৃ শ্রাদ্ধ ( গয়া শ্রাদ্ধ ) শোনবা চৎলি। তৌইশুমমুং মফম অদুদা বিষ্ণুপাদ দর্শন তৌরবদগী নিমাইগী অতকপা কিতম অমা ওইখরে।

গয়াদা অমতুং গয়াদগী হল্লকলগনু নিমাইদ শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা লুপখিহুনা হরিনামবু কয়া কয়া শোল্লমই।

গয়াদগী হল্লকপদগীদি নিমাইগী টোল অদু লেপ্না তারমই। মরমদি—লাইরিক তম্বিরিবৈ মতমদসু লাইরিককী বাখল তোক্‌না হরিনাম সংকীর্ত্তনদা পুক্নিং হেক্তা চংখি। অয়াম্বা মতমদা বাসু ভাংখিদ্রে। তুমিন্না কয়তনা ধ্যান তৌবা অমত্রগা হরিনাম সংকীর্ত্তন তৌবদা গৌরহরিগী পিক্লাং ওইরকলে। মহু—উবদা মম অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়ানা নুংশা খিরকলতনা মহাকপু হয়াও-হয়রবা য়াম্না কয়া হোৎনরে; তৌইত্তবসুং হোৎনজবা পূম্বা অরেম্বা তাখি। মদুনদি নিমাই—অদু ওঝা ওইবা তোকখোকলে। অদুগা মাগী ছাত্রশিং অদুবু অতোপ্পা টোল—অমদা তমহনখি। ছাত্রশিংনা কপ্পা কপ্পা ওঝাগী য়াথং অদু ইনবা তাখি।

মতম অদু বঙ্গদেশগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী লুচিংবা অসি অদ্বৈতাচার্য্য-নি। মহাককী লৈকম শান্তিপুরনি। বৈষ্ণবধর্ম্মদা গৌরহরিনা পুক্নিং হকচাং য়াওনা হোৎনরকপা অসি উবদ অদ্বৈতাচার্য্যনা য়াম্না হরাওজখি।

নদিয়াগী শ্রীবাস পণ্ডিতসু অকাওব বৈষ্ণব অমনি। গৌরহরিনা শ্রীবাস পণ্ডিতকী য়ুমদা চহিৎ থুদিংগী লেংতা অদুগা বৈষ্ণবধর্ম্ম—অমদি হরিনামগী মাহ্নদা তিকনা য়াম্নী শাথিরৈ। হৌজিক্তি শ্রীবাস পণ্ডিতকী য়ুমদা ভক্তশিংগী কাংবু কাংবু তিনবা হৌরে। অদুগা কীর্ত্তন পালা অমসু লিংথংলে। অদুনা শ্রীবাসকী য়ুমদা ঊথৈ শক্তুনা, অপোই শাহুনা হরিনাম কীর্ত্তন তম্মা

হারবা খোজেল তারগা য়ান্না শাউরমই। অদুনা মখোয় অনি অসিনা মনাই মশল ময়াম ইনশিন্দুনা সংকীর্ত্তন থুগাইনবা কয়া হোৎনখি।

জোগাই-মাধাইগী কনবা নিত্যাইনা রাথল য়ান্না তৌরমই। নোংমা নিত্যাইনা সংকীর্ত্তন তৌরগা হরিবোল লাউহনা মখোয়গী নাক্তা লাকই। জোগাই-মাধাইনা মখোয়বু ফুগে তৌরে। অদু ওইরবসু নিত্যাই চেন্দে। নিত্যাইনা হায়রকই—"নংখোয় অনিনা য়ু-থক্লিবসি মাঙনবগী মশক্নি, পুন্সি-লৈ-খা তাননবগী মরমনি। মদু তোকলো, হরিনাম শোল্লু।" লিলদা শঙোম পীথকলগা হু হেনগৎপগুম নিত্যাইগী পাউতাক অসি তারগা মাধাই য়ান্না শাউখি। মনাক্তা তারবা চফু অমা পায়থৎলগা নিত্যাইগী মকোক্তা শুরে। নিত্যাইগী কোক অদু কায়রে, ঈ য়ান্না হাথরে। অদু মতুদা মাধাইনা নিত্যাইবু অমুকসু ফুগে তৌই। হন্দকমুক্তি— জোগাইনা মাধাইবু মথুং পায়হনা থামথরে।

কোক কায়রবা নিত্যাইনা শাউবসু লৈখিদে, কিংসু কিংগৎ-খিদে। কীহনা চেনবসু তৌখিদে। হায়গুম্না! ইকায় কায়দনা য়ু থক্তনবা, লিচৎ ফজনবা পাউতাক পীরমই অমসুং হরিবোল তত্তনা শোল্লমই। নিত্যাইগী অমৃত চেল্লবা পাউতাক অদু তাবদা জোগাই মাধাই মচিন-মনাও অনি অদু মশাগী অয়ানবশিং অদু থওজবা উমলকলে।

পাউ অসি তাবগা গৌরাঙ্গপ্রভু মকম অদুদা চেল্লকলে। তৌইগুম্বসুং নিত্যাইনা পাপী অনি অদুবু ঙাকপীহনা মখোয়বু

লানবিলবা গৌরাঙ্গদা তায়জরমই। নিত্যাইনা তায়জবদগী গৌরাঙ্গ-প্রভুনা মখোয়বু হাকশীরে—অমসুং কোনবিরে। প্রভুনা কোনবী-বদগী মখোয়গী পাপ পুম্নমক কোকখরে। চুপিংদ্ অহানগী জোগাই মাথাইনা কংত্তবা থবক অমুক তৌখিত্রে; য়াম্না নোমুকপা হরি ভক্ত ওইখরে।

মতম অদুদা নদিয়াদা মুসলমান অমনা গবর্ণর ওইরমই। মহাক্পু কাজী হায়না খংনৈ। নিমাইগী কাংবুশিংনা অহিং-চুংথিলদা কীর্ত্তন তৌখনা ভুখা য়াত্রে হায়দুনা প্রজা খরনা কাজীদা য়াকংলরে। মসিদগী কাজীনা লম্বীদা কীর্ত্তন তৌদুনা চংপা য়াদে হায়না হুকুম তৌখরে। হুকুম ইন্দবা মী অদু দণ্ডী ফংগনিদ্রু হায়খি। হুকুম অসি তাবগা নিমাইনা বৈষ্ণব ভক্ত ময়াম কৌদুনা অচৌবা কীর্ত্তন অমা তৌরে; অদুগা নদিয়াগী লমজাওদা কোয়না চংলে। মী য়াম্নখিবনা কাংলুপ অদুম থোক্না কীর্ত্তন চংলে। নদিয়াগী লমজাও অদু পুং করতাল অমসুং ঈশৈগী খোঞ্জেলনা নোংখোংবগুম পুমনিল নিনখরে। খোঞ্জেল অসি তাবদা কাজী সাহেব অদু কীরদুনা মপাল থোকরকখিত্রে।

গৌরাঙ্গ প্রভুনা কাজীগী য়ুমমত্তদা লেংশিল্লকলগা মহাকপু কৌখোকলরে। অহানবদদি কাজী অদু য়াম্না য়ারখদে। অমৈদদি গৌরাঙ্গগী পাউতাকশিং অদু তাবদা কীবা ফরকলদুনা মপাল থোকরকলে। নিমাইনা কাজী সাহেবকা কনমিন্নদুনা ঈশ্বরগী মরমদা অমসুং কীর্ত্তনগী মরিদা রা থরা ভাংনরে। মতুংদদি কাজী সাহেব অদু গৌরাঙ্গ প্রভুনা হায়রিবমতৌ য়াথরে। অদুনঃ কাজীনা

ভক্তশিংগী সংকীর্ত্তনদা অপনবা অমুক পীখিদরে। থোইনহুব অপনবা নৈতনবা সিকাই কাওবা ঙাকহনথি। কাজী সাহেব অহু গৌরাঙ্গ প্রভুগী কৃপা রুংবদগী পুকচেল শেংলবা, পুণ্য লৈবা ভক্ত অমা ওইখরে।

'থাদোকপগী চাউরবা গুণ অসি মাঙদা থমজিবগথৈদি জীব-শিংগী উদ্ধার ওইবা ঙমদে' রাখল অসি নিমাইগী পুক্নিংদা হন্না হন্না লাকলমই। মমৈদদি সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগে থল্লকুনা নোংমা অহিংগী মতমদা অহল ওইরবী মমাইবেমা শচী দেবী অমসুং নহা ওই-রিবী সহধর্মিণী বিষ্ণুপ্রিয়াবু ভুম্মিখৈদা থাদোকলমলগা য়ুমদগী লেংথোকখরে। গৌরাঙ্গ প্রভুনা য়ুম থাদোকপা অসি মখাগী চহি ২৪ শুবা মতমদনি।

য়ুম থাদোকপা অহিং অহুমক্তদা নিমাইনা ইরোইহুনা গঙ্গা লান্নে। গঙ্গা পার তোরগা কটরা কোবা মকম অহু য়োরে। অহুগা স্বামী কেশবভারতীদা সন্ন্যাস ধর্ম্ম পীবিনবা হায়জরে। অহানবদদি কেশবভারতীসু সন্ন্যাস ধর্ম্ম পীবা য়ারমদে। নিমাইগী অপাম্বা অমদি ভকশিন্নকপনা কনথিবনা পীদবা য়ারক্লে। মরম অসিনা শকাব্দ ১৪৩১ গী মাঘ মাসগী শুক্লপক্ষ সক্রান্তি নুমিত্তা কেশবভারতীনা গৌরাঙ্গ প্রভুদা সন্ন্যাস ধর্ম্মগী দীক্ষা পীরে। গৌরাঙ্গগী সন্ন্যাসগী মীংদি 'শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য'—হায়না থোল্লে। মসি-মগী ভক্তশিংনা গৌরাঙ্গবু 'চৈতন্য' নত্রগা 'চৈতন্য মহাপ্রভু' হায়না খঙনখরে।

---

# মধ্যলীলা

সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌছনা ভগবৎকী প্রেমদা ঙাওরবা মহাপ্রভুনা অস্থুম অস্থুম কোয়রক্তুনা শান্তিপুরদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী য়ুমদা থুংঙরে। পাউ অসি তাবগা নবদ্বীপতগী মমাইবেমা শচীদেবীসু শান্তিপুরদা থুংঙরে। শচীদেবীগী অয়াবা শক্তম অছু উবদা মীৎতা পিগী ইরা হোৎদবা কনাসু য়াওখিদে। শচীমাতা মচা অনিমক কায়নরবীনি, মপুরোইবা লৈত্রবীনি, অহল ওইরবীনি, তনৌ-তনৌ-রিবী মপুরোইবা কায়নরবী মমৌ ফুপীগী অয়াবা ফিভম য়েংছনা পুন্সি লেনগদৌরিবনি।

সন্ন্যাসীগী ফিজেৎতা নিমাইনা অয়াবনা শিঙ্খাং ওইরবী মমাগী চরণ অনি অহুবু খুক্নজখি। ধর্ম খংলবী মমা ইবেমানা মচাদা অয়ুক হয়া য়ুমদা চৎনবা য়াহৈ অমা কাওবা হায়রখিদে। মমানা অংসিদংদি হায়খি—ইবুংঙো, হৌজিক নহাক লাপ্পা চৎতনবা শ্রীজগন্নাথ পুরীদা লৈয়ু। অছু ওইরবদি পুরীদা চৎথোক চৎশিন তৌবা ভক্তশিংদগী নহাকী পাউ ঐনা তরনা ফংবা ঙমগনি।

গৌরাঙ্গ প্রভুনা মমা ইবেমাগী য়াথং অছু কোকথোংনা লৌজরে অমসুং মমাগী চরণথাদগী বিদায়সু ফংজরে। অছুগা শান্তিপুর থাদোকলে, পুরী মাইকৈ তমনা যাত্রা তৌখরে। লম্বীদা হরিনাম কীর্ত্তন তৌনা তৌনা লেংখি। জলেশ্বর কৌবা শিব-মন্দিরদা থুংবগা ভগবান শঙ্করগী শেংলবা নাম শোন্দুনা কীর্ত্তন

তৌখি। মহাপ্রভুগী মকুন্দবা মতাম অমসুং লুরবা রাখল অহু উবদা মকম অহুদা তিন্নবা পূজারীনচিংবা মী পূন্নমক য়াম্না ওক্লখি।

পুরী হেক য়োবগা শ্রীজগন্নাথমন্দিরগী কলশ অহু উরমই। মহু হেক উবদা খঙহোদে-মহাপ্রভুদা প্রেমগী অকনবা ঈথক হৌরকখি। প্রভু চেনখিনখরে অমসুং শ্রীজগন্নাথজীগী মাঙদা দম লাওনা তুহন্না বাম্বখরে। পুজারীশিংনা সুংশাপিন্দুনা লোথৎকে তৌই; তৌইগুম্বসুং আচার্য্য বাসুদেব সার্ব্বভৌম-না প্রভুবু মাগী লৈকমদা পুখরে।

সন্ন্যাস লীলাগী অহানবা চহি তরুকী মতমদি ভারতকী মকম অয়াম্বদা প্রভুনা কোয়না লেংখি। পুরীদা—মতম খরা লৈরমলগা মহাপ্রভুনা দাক্ষিণ ভারত যাত্রা তৌরে। যত্র অসিদা প্রভুনা কুর্মিগুম্বা মকম অমদা বাসুদেব কৌবা কুষ্ঠগী লাইনা পকলবা নিপা অমনা হরিনাম শোন্দুনা লৈরম্বা অহু উখি। অনাবা মী অহুনা য়াত্রবমক্তদসু মহাপ্রভুনা মহাকপু ফারগা খম্মোইদা চেৎনা কোনবিরম্বই। প্রভুনা হেক শোকপদা অনাবা মী অহুগী কুষ্ঠ রোগ অহু পুমকোক কোকখি। মহাক অহু মপুংফানা মশা ফরবা ফজরবা নিপা অমা ওইবা ও জখরে।

ব্রাহ্মণ অমা গীতাবু ময়েক চুমদনা লায়া পাঠ তৌরমই। অমহিকসুং পাঠ অহু তোনা তোনা কপলমই। মহাপ্রভুনা লেংশিল্লগা হংবদা মহাক্না খুমজরকই—"সংস্কৃত হৈজদে। অহুম ওইনমক পাঠ তৌখ। মতমদা কুরুক্ষেত্রগী লানকদা দোলাই মখত্তা ফমলিবা অর্জ্জুনদা শ্রীকৃষ্ণনা পাউতাক পীবিরি। শকফম অসি নপাই ঐগী

পাপ চেন্নবা মীৎ অনিসিংগী মাওদা ভত্রনা ক্কাওরকই ." মহাপ্রভুনা ব্রাহ্মণ অদুবু য়াম্না থাগৎলে, অদুগা হায়রিরকই—'গীতাবু চপচানা পাঠ তৌবা গুম্বদি নহাকতনি, খওউ।

দক্ষিণ ভারত যাত্রাদা নোংমা জঙ্গল অমদা নৌরোজী ডাকুনা মহাকী কাংবুগা লোয়ননা লাকপত্ত প্রভুনা থেংনরুরে। মহাপ্রভুগী অঙকপা রূপ-গুণ অদু উবদা মথোয় লোয়নমক ঙকপ্রে। প্রভুনা ডাকুশিং অদুদা পাউতাক খরা পীরিখি। পাউতাক অদু তাবদগী ডাকুশিং অদু ভগবন্তক্ত ওইখি। মথোয় পূন্নমক হুমিৎ অদুদগী লূট-পাৎ তৌবা তোকখরে।

দক্ষিণ যাত্রা মপুংফানা লোইরগা মহাপ্রভুনা শ্রীজগন্নাথপুরীদা অমুক হন্না লেংওকই। রথ যাত্রাগী মতমদা গৌড়ীয় ভক্তশিংগা লোয়ননা প্রভুমশামক্না মন্দির শেংদোকই। মন্দিরগী অমোৎ অকাই পূন্নমক লোথোকই অমসুং মন্দিরবু তৈথোক—খোৎতোক্নুনা য়াম্না লু হেন্না থমই।

শ্রীজগন্নাথগী রথযাত্রাগী মতমদা মহাপ্রভুনা গৌড়ীয়ভক্তশিংগী সংকীর্তন মণ্ডলী অমা শেম্মে। অদুগা মণ্ডলী অদুনা শ্রীজগন্নাথগী থোগল তৌই অমহিকনুং প্রভুমশামকন্থ শ্রীজগন্নাথগী রথগী মাঙদা কীর্তন তৌই জগোইন্থ শাই।

শ্রীজগন্নাথগী চাউরবা রথ অদু অসুম চৎলন্থদগী চপ লেপ্লুনা লৈথোকখরে। মী লিশিং লিশিংনা থৌরী পায়দুনা রথ অদু কন্না চিংই অমসুং মী কয়া অমনা রথ অদু ইরি; অদুম ওইনমক

রথ অছু মচী শুকলেং লেংখিত্রে। তৌইগুম্বন্নং মহাপ্রভুনা পয়প পরপ্ লেংশিল্লগা হেক ইনবদাদি রথ অক্ত য়াম্না য়াংনা চৎলে।

ঊরিষ্যাগী মহারাজ প্রতাপ রুদ্রনা মকম কুইরে মহাপ্রভুবু দর্শন তৌনিংদুনা লৈজরকপা অদুবু মহাপ্রভুনদি নিংথোগা উনবা অসি পামলমদে। মমৈদা মী থরনা মহারাজ প্রতাপরুদ্রদা উপায় অমা তাকলে। রথ যাত্রাগী মতমদা মহাপ্রভুনা মকম অমদা পোংথারমই। থুদক অদুদা মহারাজ প্রতাপরুদ্রনা অচম্বা ফিজেৎ শেৎলগা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক পাঠ তৌদুনা মহাপ্রভুগী নাক্তা লাক্লমই। শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক হেক তাবদা প্রভুগী থম্মোইদা প্রেমগী ইথক হৌরকখি। প্রেমগী ইথক্তা লুপলবা প্রভুনা মহা-রাজ প্রতাপরুদ্রবু মুংশিনা কোনবিখি। মতৌ অসুম্না মহারাজ প্রতাপরুদ্রনা—মহাপ্রভুগী থৌজাল ফংবা ঙমজখি।

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মক্ষাক নিপা অমোঘ হায়বসি মীবু য়াম্না খিনা খিনা হায়গনি। মহাক্না মহাপ্রভুবুসু নিন্দা তৌখি। প্রভুনা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা ভিক্ষা শিবা লেংঙমই। মতম অদুদা অমোঘনা প্রভুবু কয়েংনাখ লাইগী লোংদমদগী সুমিৎ অদুমক্তদা অমোঘ অদু থোঙ হাংদুনা নারে। মহাক্কী ফিভম য়াম্ন শোকচিন্নে। জ্ঞান মতেক মতেক মাঙলকলে। হিংবগী আশা য়াৎলাক্রে। পাউ অসি তাবদা প্রভুনা মকম অদুদা লেংঙকলে। অমোঘগী মরালশিং অদু প্রভুমা থক্লদে। প্রভুনা মুংশিনা মকোক্তা নামবিরে। মহাপ্রভুগী থৌজালদগী অমোঘগী অনাবা অদু কোকথরে। অনাবা (লায়না) অদু মাঙখিবতা নত্তুনা অমোঘগী লিচৎমু হোংথরে।

হায়গী ফৎতবা লিচং অহু মাঙখরে। তুমিৎ অহুদগী মহাক হরিভক্ত অমা ওইখরে।

পুরীদগী-শ্রীবৃন্দাবন লেংগে নিংলদুনা প্রভুনা গৌড়দেশ য়ৌ-রকলে। হন্দক্তী খোঙচৎ অসিদা—প্রভুনা নবদ্বীপতস্থ লেংশিন্নকই। শ্রীবিষ্ণুপ্রিয়া—নোনা মপুরোইবা কারমহোৎরবী—ঙুংঙাইবা মথক খঙখিদ্রবী—হুপী অমনি। প্রভু-লেংঙকলে তাক্তবা—হায়নিংঙাই নৈতনা ঙুংঙাইটে। বিষ্ণুপ্রিয়ানা প্রভুগী চরণ অনিদা খুরুমজে। প্রভুগী সন্ন্যাসগী রূপ উৎবদা—বিষ্ণুপ্রিয়াগী মিৎলু অনিদা পিগী টরা শিন্থবা লেপ্পা নৈখিদ্রে। মহাপ্রভুনা মনাইগুপী বিষ্ণুপ্রিয়াদা মহাকী চরণ পাদুকা অনি অহু পীবিরে। বিষ্ণুপ্রিয়ানা পাদুকা অনি অহু কোকথক্তা—হাপচনা লৌজখি অমসুং পুন্সিচুপ্পা চরণ পাদুকা অনি অহু পূজা তৌজখি।

মহাপ্রভুন ব্রাহ্মণ অমা পুদুনা শ্রীবৃন্দবন লেংবদা লম্বীদা জঙ্গলগী মতুংদা হিংসা তৌবা—কৈ, নোংশা, শওম, শঙ্গানচিংবা শাশিংনা মহাপ্রভুগী নাক্তা লাকখি। প্রভুগী ইংলবা তম্নবা গুণ অমদি শাক্তদগী মখোয় মশেল অমুগ্না অমগা য়েংথিনরা তৌরমদে। প্রভুগী নাক য়ৌবগা মখোয়—পূম্নক হরাওনা নাম কীর্ত্তন তৌবগী মওংদা খোংলকই। প্রভুগী চরণদা মখোয় পূম্নমক মরু লুকথ-লুকথনা নৈখি। হিংসা তৌদ্রবা—, য়েংথিনবা নৈত্রবা শাশিং অমুবু—মহাপ্রভুনা ঙুংশিন্না নানথিরমই।

ব্রজ বৃন্দাবন য়ৌরগা মহাপ্রভুনা প্রেমগী ইচাওদা লুপ্লমি। মথুরাগী অমদি বৃন্দাবনগী নৈরক থুরক, সহর খুদিংদা প্রভুবু

## অন্তলীলা

মহাপ্রভুনা পুরীদা হল্লকলবদা শ্রীবৃন্দাবনদগী সনাতন গোস্বামীমু প্রভুগী নাক্তা থুংউরে। সনাতননা লাকপদা যবন হরিদাসমু য়াওরকই। হন্দক্কি সনাতনগী হকচাং পুম্নমক মতিং মতিং পোমছুনা কিভন য়াম্না চারমদে। অপোম্বশিং অছু নাই হান্দুনা পীৎ পীৎ লাউরমই, পোকথাইবগী মচুম তাহুনা চোৎ চোৎ লাউরমই।

মহাপ্রভুনা সনাতনগী য়ুমদা লুপিৎ থুদিংগী লেংছনা মহাকপু কোনবিক্রিবমখৈ পেল্লমদে। কোনবিবা অছুদা প্রভুগী হকচাংদা অপোম্বা অছুগী নাই পকই। মছু উবদা সনাতন য়াম্না লুংত্তাইখিদে।

মোংবা অমদি মহাপ্রভুনা সনাতনবু য়াম্না লুংশিনা কোনবীরমই। মছুদগীদি সনাতনগী অনাবা'পূম্বা মাংথরে। মশা অপুম্বা শিৎ নামথরে।

মহাপ্রভুনা গোবর্দ্ধন শিলা অমসুং গুঞ্জামালাবু য়াম্না পামই। নোংমা সন্ন্যাসী সাধু অমনা শ্রীবৃন্দাবনদগী পোৎশক অনি অসি পুরক্তুনা মহাপ্রভুদা কৎলরে।

রঘুনাথ দাস হায়রবসি পুকচেল য়াম্না শেংবা, অপাম্বা নৈতবা বৈরাগ্যী (লথোইবা) অমনি। অদুনা প্রভুনা মহাকপু য়ামনা নুংনা তৌরমই। মরম অসিনা প্রভুনা পামজরবা পোৎশক অনি অসি রঘুনাথ দাসপী মপুংথা পীরিবি।

রঘুনাথদাসগী বৈরাগ্য ( অপাম্বা নৈতবগী মওং ) অসি য়ায়া অঙকপনি। মহাকনা ভিক্ষা ফাওবা নিরমদে। হুকান্দায়শিংনা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদ য়োল্লমই। অদুগা য়োনবা্ য়াত্রবা (শিৎত্রবা) প্রসাদ অদু হেক হেক লংথোকই। লংথোকইবা অদুদি শনমক্লা ফাওবা চানিংদে, চান্নু চাদে। অদুগুম্বা পুমনম্বা চাক অদু রঘুনাথদাসনা খুজংলে অমস্তুং চাযথোক থোন্থোক্লগা পুমদবা চাক অদু থম্মোকই। থম্মোকইবা চাক অদু থুমগকা অমত্তা য়াওদনা চারগা মহাকী পুন্সি লেল্লমই।

মহাকী অসিগুম্বা থাদোকপা ওমবা গুণ অসি নৈবদগী মহাকী চাক অদু অ'সি য়োনা শেংখরে। মতুদি মহাপ্রভুনা নোংমা মহাকী মনাক্তা লেংওক্লগা রঘুনাথনা য়াত্রবস্নু মহাকী চাক অদু মুল্লগা হাখিরমই।.

খংহৈদগী লাইবককবা অমনা শিবানন্দ সেনগী মচানিপা পুরীদাস নত্রগা কবিকর্ণপূরনি। মহাকী মমানা পীক্লিবা মচানিপা অসিবু মহাপ্রভুগী চরণ মনাক্তা হেক থম্বদা, অতাং অদুমা প্রভুগী চরণ থোংবী অদু চুপথি। চহি ৭ শুরকপা মতমদা প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না কবিকর্ণপূরনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী লীলা বর্ণনদা কজরবা শ্লোক কয়া শেমখি। অদুগা শ্লোকশিং অদু পাদুনা প্রভুবু তাহনখি। শ্লোকশিং অদু তাবদা প্রভুগী থম্মোইদা প্রেমগী ইথক হৌরকখি। প্রভুনা কবিকর্ণপূরবু কোননিদুনা কৃপা পীখিখি।

শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী মকোক ওইবা ভক্তশিংগী মধ্যদা যবন হরিদাসসু মধ্যচনবা অমনি। মহাক্তা চুনিৎ পুক্তিংগী হরিনামবু

লাখ অহুম জপ তৌই। মহাপ্রভুনা পুরীদা হল্লকলবদা মহাক পুরীদা লাকখি।

হরিদাসনা পুরী সহরদগী লাপনা সমুদ্র মপানলোমদা থাং-গোকশং মচা অমা শারগা মহুদ লৈরমই। মহাপ্রভুনা নুমিৎ খুদিংগী হরিদাসপু উনরমই। হরিদাসনা মপুক য়াম্না শেংবা অথাং-কনবা ভক্ত অমা ওইবনি। অদুনা প্রভুনা মহাকপু 'জুনা তৌরমই। হরিদাসকী মহাপ্রয়াণ ("শিব") মতমদা মহাপ্রভুনা মহাক্কী ফোকথক্কী খুৎ থমবিরমই অমসুং মহাক্কী নাক্কী লোংদনা লৈবিরমই।

হরিদাসকী অশিবা মশা অদু প্রভু মশামক্না লেংজুদা হাপ্তুনা পুথিরমই। অসিদা নত্তে মহাক্কী সমাধি-দসু প্রভুনা খুৎ থক্না লৈবাক খোংচিনখি। অসিনসু লোয়ত্রি — হরিদাসকীদমক উৎসব কৎনবা মহাপ্রভুনা পুরীগী দুকান্দারশিংদা ফিগাও শানা ভিক্ষা নিবা লেংখি। ভক্তশিংগী থাজবা অসি অওকপনি। কালিদাসনা ভক্তশিংগী চরণ মজ অমসুং প্রসাদ অদু য়াম্না পামমৈ। মহাক্ন করিগুম্বদসু বৈষ্ণবকী চরণধূলি অমদি প্রসাদ লৌবদা হন্দোইবা তুকচবা তৌরমদে।

মহাপ্রভুনা শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌনবা লেংঙকপদা কোম অমদা চরণ অমি অদু লেংদোকই। মকম অদুদা কনাগুম্বা অমত্তনা চরণোদক (খোংবী মচুম) লৌবা য়াদে হায়না প্রভুনা য়াথং পীরমই। অদুমওইনমক কালিদাসনদি প্রভুগী মাওমক্তদা চরণোদক লৌরমই। মসু উবদা প্রভুনা কালিদাসদা য়েংলগা নোকমী নোকমী তৌখি।

মহাপ্রভুগী অথোইবা ভক্ত জগদানন্দনা য়াম্না করবা থাও অমা হিদাককা লোয়ননা পেমলে। চক্ক অমা থন্না থাও অদু পুরক্লগা মহাপ্রভুগী নাক্তা থাকলে। মহাপ্রভুনা থাও শিজিন্নবা য়ারমদে। মতুদা জগদানন্দনা হুংশিবগী অথাওবনা চক্ক অদু থাদহুনা থুগাইরে। খুমিৎ কয়ানিমুক কাওবা মহাক ওইনয়না লৈরমই। মহাপ্রভুনা মহাকপু হুংশিনা থেগজিনবিরমই।

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা চহি ২৪ শুরকপদা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখি। সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগা জগন্নাথ ক্ষেত্রদা লেংগুকপনি। সন্ন্যাস ধর্ম লৌরবা মতুংদা চহি ৬ তীর্থ যাত্রা তৌদুনা পুণ্যধামশিংদা লেংখি। প্রভুগী ইরোই লোইবা যাত্রানা শ্রীবৃন্দাবনদনি।

শ্রীবৃন্দাবনদগী হল্লকলগা চহি ১৮ শ্রীজগন্নাথ পুরীদা অমুক লৈখি। প্রভুনা লৈরিবা মফম অদুবু—'গম্ভীরা মন্দির—' কৌই। অরোইবা চহিদদি মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা ফিভমদা লৈরে।

প্রভুনা ঙুমিৎচুপ্পা—অহিং হুংখিল নাইদনা কপ্পুবতা লৈরমই। 'হা কৃষ্ণ, হা কৃষ্ণ'—হায়না ইতৎতবনা কৌরমই। গম্ভীরা—মন্দিরগী ককলাংদা—প্রভুনা প্রভুগী মাই অদু হেক হেক তকই। মতম তৌবা অদুদা প্রভুগী মাইদগী ঈ হেক হেক থোরকই।

গম্ভীরা মন্দিরদগী অমুক অমুক থোরকলগা 'হা কৃষ্ণ, হা কৃষ্ণ—' কৌদুনা কোয়চেল—চেলদি—অমমুং—করিগুম্বা মফম অমদা—তুদুনা রাহখি।

নোংমা সমুদ্রদা চোংথহনা মীশিং মমুংদা যাম্বখি। ঙা কাবা মীশিংনা ইন থোন্দুনা প্রভূগী হকচাং অদু কংখি; মতৌ অসুম্না সমুদ্রদগী প্রভুবু পুথংলকখিবনি।

লৈকং ৱোয়ে, ময়ামনা সংকীর্ত্তন তৌরে, হরিবোল শোয়ে। মতৌ অসুম্না হরিনাম তাম্বা কালদা প্রভুদা জ্ঞান লাকখি। অদুদগীদি ভক্তশিংনা য়াম্না য়ানা প্রভুবু ঙাক শেন্নমই। প্রভুনা য়াম্বা থোকলগা হরিনাম শোন্দুনা জ্ঞান লাকনবা হোংনৈ। অদুগা ভক্তশিং অদুনা মকম অদুদগী গম্ভীরা মন্দিরদা চেকশিন্না পুশিনজনকই।

মমৈথংদা নোংমা মহাপ্রভুনা শ্রীজগন্নাথজীগী মন্দিরদা—চেংশিনখি। মন্দিরগী পুজারীশিংনা ঙকচাননা য়েংহনা লৈহোই। মহাপ্রভুনা শ্রীজগন্নাথজীগী শ্রীমূর্ত্তিদা তিনথরে।

প্রভুনা তিরোভাব ওইবা (মর্ত্ত্যলীলা থাদোকখিবা) অসি শকাব্দ ১৪৫৫ (খৃ: ১৫৩৩) দনি। মহাপ্রভুনা চহি ৪৮ পৃথিবীদা লৈখিরমই। অহানবা চহি ২৪ না নবদ্বীপধামদা গার্হস্থ্য লীলা পাংথোকই। অদুগা অকোমবা চহি ২৪ না নীলাচলধাম (জগন্নাথ ক্ষেত্র) দা সন্ন্যাস লীলা উৎপীরমই।

---

# গৌরাঙ্গতত্ত্ব

মহাপ্রভু চৈতন্যদেব শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা ভক্ত অমনি। প্রভুগী পুক্নিংদা অনেম অমাং লায়রবা ইনাকখুনবগী থেরবা চৈরম্বদে। ভক্তিগী ইচেম্মা জাতি থায়রবা, বর্ণ নাইবা—প্রভুনা য়ানিংঙমদে। অতোপ্পবশিংবু য়াম্না নুংশিনা কোনবিরমই। চৈথা তারবা জীব কয়াবু মহাকনা লানবিখি।

হিন্দু লিশিং লিশিংবু মুসলমান অমগদবদগী প্রভুনা কনবিরমই। চৈতন্যদেব প্রভুনা হিন্দু ধর্ম্মগী—য়াক্লবা নিয়ম কয়াবু অমেংবা অতপ্পা ওইহনবা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু প্রচার তৌবিরম্বনি। মহাকী থৌজালদগী—কৃষ্ণভক্তিগী মপুং ফারবা ইচেল অমা থোক-রকখি (পোকলকখি)।

কৃষ্ণভক্তিগী লূরবা ইচেল অসিদা হিন্দুতা নত্তে, মুসলমান কয়াসু লুপখি। প্রভুনা ভারতকী মফম অয়াম্বদা লেংহুনা অমৃতগা মান্নরবা পাউতাক কয়া পীহুনা মী ওইবগী চাকলবা খপ্পোইবু ইংহল্লমই।

ভারতকী মফম খুদিংদা মতিক চানা চানা শিষ্যশিং থমমই। চাউরা-চাউরবা নিংথৌ, নিংথৌরেন ফাওবা শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী শিষ্য ওইখি।

মী পূম্নমক্না শ্রীচৈতন্যদেববু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি হায়না লৌই। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু ঈশ্বরনি হায়বসি প্রভুগী থৌদোক কয়ানা তাকলি। মথুদি—লাইথুং থুংতবা ভক্ত বাসুদেববু কোনখিহুনা মশা মহনবা, চিংবা অমদি ইনবদা চৎত্রবা চাউরবা মথ

অদুবু প্রভুনা কেক ইনবদা চৎলুবা, শিগদোরবা সার্ব্বভৌমবু মকোক্তা লানরিদুনা কহনবা, মশাগুম্বা-অপোম অতংগী লাইনানা থল্লা লৈরবা সনাতন বৈষ্ণবপু কোনরিদুনা কহনবা অমসুং শ্রীজগন্নাথগী শ্রীমূর্ত্তিদা প্রভু মশামক ত্তিনথিবা—অসিনচিংবা মীওইবদা লৈবা হৌনজবা শক্তিশিং অসিন্না মরেক শেংবা থগুহনলে—'শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু সাক্ষাৎ অবতারনি।'

শাস্ত্রগী প্রমাণ কয়ানস্থ গৌরাঙ্গ প্রভুবু স্বয়ং ভগবান্‌নি হায়বসি চওখোল্লা উৎলি। মদুদি—শ্রীমদ্ভাগবত-তগী থগুনরি—ত্রেতা যুগতা কবি হবি নচিংবা যোগীন্দ্র মাপলনা নিমি মহারাজগী মাক্তা থুংগুরবদা, নিমি মহারাজনা ঋষিশিং অদুগী মকমদা সত্য-ত্রেতা—দ্বাপর অমসুং কলি যুগ মরি অসিগী নিংজগদবা দেবতাগী মরিদা হংজখি। যোগীন্দ্র মাপলগী মসুংচনবা—করভাজন ঋষিনা নিমি মহারাজনা হংলকইবা অদুগী পাউথুমদা সত্য-ত্রেতা-দ্বাপুর যুগ অহুমগী উপাস্য দেবতাগী রা হায়রগা মথৈদা কলি যুগকী উপাস্য দেবতাগী মরমদা হায়খিবি—

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং—
সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র-পার্ষদম্‌।
যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তনপ্রায়ৈঃ
যজন্তি হি সুমেধসঃ॥

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌।

[ কলি যুগ-তা ] জ্ঞান লৈবা মীশিংনা সংকীর্ত্তন-না মরু ওইবা যজ্ঞশিংগী মতেংনা কুচু মুবা অহুমওইনমক মগালনা তৌরবা ( মুজবা ) ভগবান্‌বু নিংছি।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী থাক্লৈশেংবা কুচুদি অমুবনি ; অদুবু প্রভুগী হকচাংগী মঙালনা তৌনা ( মুদনা ) উবনি। অসিনা তাকপবু ভগবান্‌গী অশেংবা মশক ( কুচু ) অসি কলি যুগ-তদি লোৎলে। মরম অসিনা শ্রীনৃসিংহ দেবগী মফমদা ভক্তপ্রহ্লাদনা হায়জ-খিবাসগা চানরে—

"ছন্নঃ কলৌ যদভবস্ত্রি যুগোহথ স ত্বম্।"

শ্রীমদ্ভাগবতম্।

প্রহ্লাদগী য়াঙাংসিদগী থগতে :— কলি যুগতা শ্রীভগবান্‌গী অবতার-'ছন্নঃ' ( অথুপ্পা ) ওই। হায়বদি-করিগুম্বা-অমনা কুপশিনবা ওই। অদুনা অমুববু অতৌবা মঙালনা কুপশিন্নে।

"কৃষ্ণবর্ণং"গী অর্থ কুচু মুবা হায়বা অর্থ অসিনত্তনা 'কৃষ্ণ' হায়বা য়াহৈ অসিবু হায়রিবা ( চিন্না 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' শোনবা ) অদুগা অর্থ তৌবস্নু য়াওই। অসিগুম্বা অর্থ তৌরবসু শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু অদুম তাকই।

মহাভারতকী অনুশাসন পর্ব্বদসু শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুবু স্বয়ং ভগবান্‌নি হায়রি। মদুদি—

সুবর্ণ বর্ণো—হেমাঙ্গো

বরাঙ্গ শ্চন্দনাঙ্গদী॥

সন্ন্যাসকৃচ্ছমঃ শান্তো

নিষ্ঠা শান্তিপরায়ণঃ॥

স্তোত্র অসিদা য়াওরিবা সুবর্ণ বর্ণঃ, হেমাঙ্গ, বরাঙ্গঃ, শ্চন্দনাঙ্গদী নাম শরি অসিনা প্রভুগী গার্হস্থ্য লীলাগী মরিদা শিজিন্নৈ।

অদুগা সন্ন্যাস কৃৎ, শমঃ, শান্তঃ, নিষ্ঠাশান্তি পরায়ণঃ—নাম মরি অসিনা প্রভুগী সন্ন্যাসলীলাগী মরিদা শিজিন্নবনি। অসিনচিংবা শাস্ত্রগী প্রমাণ কয়ানা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গগী মশক ওইনা অবতার তৌবিরকপনি হায়বসি নিংথিনা মপুং ফাওনি।

---

## বৈষ্ণব সম্প্রদায়

শ্রীমহাপ্রভুগী আবির্ভাব মতমদা ভারতবর্ষ অসিদা মরু ওইবা বৈষ্ণব সম্প্রদায় মরি লৈরে। মদুদি—শ্রীসম্প্রদায় ( রামানুজী ), ব্রহ্মসম্প্রদায় ( মধ্বাচারী) রুদ্রসম্প্রদায় ( বিষ্ণুস্বামী ) অমসুং সনক-সম্প্রদায় ( নিম্বার্ক )। অসি মরুবা সম্প্রদায় করা অমম্ন লৈরি, মখোয় অদুদি মকোক ওইবা সম্প্রদায় মরি অসিগী মনুংদা সম্প্রদায় অমগী মনুংচনবা শাখানি। রামানুজ স্বামীনা শ্রীসম্প্রদায়গী প্রবর্ত্তক ( হৌদোকপা ) নি। মধ্বাচর্য্যনা ব্রহ্মসম্প্রদায়গী প্রবর্ত্তকনি, বিষ্ণুস্বামীনা রুদ্রসম্প্রাদায়গী প্রবর্ত্তকনি অমসুং নিম্বার্কাচার্য্যনা সনকসম্প্রদায়গী প্রবর্ত্তকনি।

শ্রীমহাপ্রভুনা হৌদোকপা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায় অসি গুরুপ্রণালীদা অমত্তা ওইদুনা মধ্বাচার্য্য সম্প্রদায়গী মনুং চান্নবনু

তত্বাংশদা ( মরু ওইবা শরুক্তা ) মন্ত্রগা সাধ্য-সাধনাংশদা অনি অসি য়ান্না খেরৈ। মধ্বাচার্য্যী সম্প্রদায়গী বৈষ্ণব শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরীগী মন্ত্রশিষ্য শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীনা মহাপ্রভুগী লৌকিক দীক্ষাগুরুনি।

ব্রহ্ম-না জগৎ সৃষ্টিগী-কারণ-নি' হায়রবসিগী মতাংদদি ভাষ্যকার পূয়মককী মত খেন্নবা অমত্তা লৈতে; তোইগুবমখুং ব্রহ্মগা সৃষ্টিগা লৈনরিবা মরি অসিগী মতাংদদি ভাষ্যকারশিংগী মত অসি খেন্নরকলে। মসিদগী দ্বৈত অদ্বৈতনচিংবা তোঙান-তোঙানবা মতবাদ অসি থোকরকপনি।

শঙ্করাচার্য্যনা জীব অমসুং ব্রহ্মগী খেন্নবা অসি য়াদে। মহাত্মা মায়াদাস ওইবা জীববু মায়াকর্ত্তা ব্রহ্মগা খেন্নদে হায়না নিংই। শঙ্করগী মতশঙ্গদি মায়াবু মাঙহনবদি জীব অমসুং ব্রহ্মগী খেন্নবা অমত্তা লৈতে।

বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা হায়—মায়াদগী নাম্থোক্লবা জীব অহুনা মৈগা ভিন্নরগা য়োংনা মৈগী মশক ওইবগুম, ব্রহ্মগী মওং কংবা গুমই ( ব্রহ্ম-গুমই ); অহুম ওইনমক জীব অহু করিগুম্বদমু ব্রহ্ম অমদি মায়াগী অধীশ্বরদি ওইবা ঙমদে। জীবদি মহোৎশানা ত্রহ্ম হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাসনি। অবস্থা খুদিংদা ঈশ্বর অমসুং জীব অনি অসি সেব্য-সেবক ( মপু-মনাই ) ওইনা লৈ।

ঈশ্বরনা মৈগী মশক্তি, জীবনা মৈরিকী মশক্তি। ঈশ্বরনা বিভু-চৈতন্যনি, জীবনা অনু-চৈতন্যনি। ঈশ্বরনা মায়াগী মপুনি, জীবনা মায়াগী মখা পোম্বনি। ঈশিং মরিক্তা করিগুম্বদমু সমুদ্র

ওইবা য়াদবগুম জীবনা মায়ামুক্ত ওইরবসু ব্রহ্মদগী তোঙানবা মওং অদুদা অদুম লৈগনি। ঈশ্বরগুম্না জীবনা করিগুম্বদসু মায়াগী অধীশ্বর অমসুং সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয়গী কর্ত্তা ওইবা ঙমদে।

দ্বৈতবাদ-না মধ্বাচার্য্যগী অচেৎপা মত-নি। অসিগুম্বা দ্বৈতবাদ অসি গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী প্রবর্ত্তক শ্রীমহাপ্রভুনা মপুংফানা লৌদে। অদুনা অচিন্ত্য ভেদাভেদবাদ-বু প্রভুনা শন্দোকলমই। অনন্তকোটি জীব অসি শ্রীভগবান্‌গী তটস্থা শক্তিনি। শক্তি অমসুং শক্তিমান্ অনি অসি খেন্নদবনা জীবগা ব্রহ্মগা (ভগবান্‌গা) করিসু খেন্নদে। অমহৈকসুং শ্রীভগবান্ (ব্রহ্ম) দি বিভু-চৈতন্যনি, জীবনা অনুচৈতন্যনি। মতাং অসিদা শক্তি মিকাপগী খেন্নবা লৈবনা জীব অমসুং ভগবান্ অনি অসি অমুক খেন্নরে।

চুমিৎকা চুমিৎকী মঙালগা, মৈগা মৈরিকা খেন্‌ন্নু খেন্নে, খেন্‌ন্নু খেন্নদে। অদুগুম্না জীব অমসুং ব্রহ্ম (ভগবান্) অনি অসি শক্তিঅংশদা খেন্নে, অদুগা চৈতন্যঅংশ-দদি: খেন্নদে। মতৌ অসুম্না মতম অমত্তদা চপমান্ননা ভেদ অমসুং অভেদ লৈবসি খনফম থোক্কবা (য়াথলনা লাম্বা ফংদবা) ওইবনা মসিবু অচিন্ত্য ভেদা ভেদবাদ কৌই। শ্রীমন্ মহাপ্রভুনা অচিন্ত্য ভেদা ভেদবাদ পুখোক্‌না দ্বৈতবাদ অমসুং অদ্বৈতবাদ অনি অসিগী ককন্নবা সমন্বয় (তাইশিন্নবা) অমা তৌবিরমই।

মহাপ্রভুগী মত-তা গোপীজনবল্লভ শ্যামসুন্দর শ্রীকৃষ্ণনা অমত্তা ওইবা আরাধ্য (নিংনফম্) নি, ককন্নবা শ্রীবৃন্দাবনন্না

শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়ধাম-নি অমসুং ব্রজগোপীশিংগী তুংইনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী যুগল উপাসনা-না সম্প্রদায় অসিগী অথোইবা উপাসনানি। প্রভুগী মত লোবা বৈষ্ণবশিংবু গৌড়ীয়বৈষ্ণব হায়না খংবৈ। গৌড়ীয়-সম্প্রদায়গী মরুংদা শ্রীগৌরাঙ্গদেববু মহাপ্রভু, অদ্বৈতাচার্য্য অমসুং নিত্যানন্দ অনিবু প্রভু হায়না খংবৈ। মহাপ্রভু, অদ্বৈতপ্রভু, নিত্যানন্দ প্রভু—প্রভু অহুম অসিগা গদাধর পণ্ডিত অমসুং শ্রীবাস পণ্ডিত অনি অসিগা-পুন্না মঙা অসিবু "পঞ্চতত্ত্ব" হায়রগা খঙ্বৈ।

প্রেম-ভক্তি না গৌড়ীয়সম্প্রদায়গী খ্বাইদগী অথোইবা সম্পত্তিনি সম্প্রদায় অসিদা জাতিগী অমদি ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈতে; মী পুম্নমক্না প্রেম-ভক্তি ফংনবগী অধিকার থমই (পী)। সম্প্রদায় অসিগী মত-তা. ম্রী অহু যবন (মুসলমান) ওইসনু, চমার (শউনশুবা) ওইসনু, করিগুম্বা জাতি অমনু ওইসনু; হরিভক্তবু ওইরবদি মহাক অহু পূজা তৌকমনি।

"চণ্ডালো২পি দ্বিজশ্রেষ্ঠো হরিভক্তিপরায়ণঃ।"

অভক্ত ওইবা (হরি নিংদবা) ব্রাহ্মণদগীদি হরি ভক্তিদা মাইওনশিনবা (ভক্ত ওইবা) চণ্ডালনা অথোইবনি (পূজা তৌকমনি)।



# নাম মহিমা

শ্রীনাম সঙ্কীর্ত্তন-তনা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী অখোইবা সাধননি। হরিনাম শোল্লগা চিত্ত ( হৃদয় ) শুদ্ধ ওই। শুদ্ধ ওইরবা থম্মোইদা রাগ-দ্বেষ অসিনচিংবা য়েক্কবশিংনা চংশকপা ( পোকপা ) ঙমদে। শ্রীচৈতন্যপ্রভুদি য়াম্না খোঙাদ ঠৈ ; অদুনা হরিনাম শোলহন্দুনা অমসুং হরিনামগী মহিমা তাকপীদুনা জীব কয়াগী কোকশমত্রবা অরাবদু ইরাই লাইনা কোকহল্লগা অখোইবা হরিভক্ত অমা ওইহল্লি।

মতম অমদা গৌড়দেশগী নিংথৌ অসি সুবুদ্ধিরায়না ওইরমই। মহাক্কী হুসেনখাঁ কৌবা চাউখোকচরবা য়াম্না শিংবা মনাই অমা লৈরমই। নোংমা করিগুম্বা মরাল অমদগী নিংথৌনা শাউদুনা মহাক্কী মনঙনদা শাজৈনা ফুখি। মসিদগী চাউখোকচরবা মনাই অদু থৈ হৌনা শাউখয়ে। অদুনা মহাক্না নিংথৌবু মকম লৌ-খোক্নে হায়না মপুক্কিংদা য়াথকখি। মহাক অদু মরোঁশিং লৈবা অমা ওইরমই। চাউরা-চাউরবা অতম অখোঁশিংগা লিংথৌশিংগা য়েংথিনমবা সাম, দান, দণ্ড ভেদগী নীতি শিজন্নবা হৌরকলে। মমৈদা হুসেনখাঁনা নিংথৌবু ল্লাদুনা বন্দী ওইনা থম্মে অমসুং মহাক মশামক্না গৌড়দেশগী নিংথৌ ওইরে। মতম অদুদা বন্দী ওইরবা সুবুদ্ধিরায়বু হাত্তোক্নবা হুসেনখাঁদা মহাক্কী মুপীনা হায়খি তৌই-তবসুং হুসেনখাঁ, অসি য়োমা তোমবা লিচৎকী নীদি ওইরমদে। মহাক্না খুমখি—"ঐগী মরিদা করিগুম্বা লিচৎ অমসু চৎসনু,

অদুম ওইদনক মতাক ঐগী মপু অমনি; ঐনা মাসি মচেং চাদ্রনা ছিংলক্লবনি। অদুনা মাগী মথরাইদি ঐ লোমোই।" মসি হায়রগা মহাক্না নিংথোবু থাদোক্লে। অদুমদি ওইবনা হলেনথানা মহাক্না মূথাক ওইরবা ঈশিং অদু নমথুদুনা সুবুদ্ধিরায়গী মরাদা হেঁজিল্লে।

মতম তারবা অমমতুং ধর্ম্ম কাররবা সুবুদ্ধিরায়না গৌড়দেশগী পণ্ডিতশিংদা পাপ অসিগী প্রায়শ্চিত্তগী ব্যবস্থা হংজরমই। ধর্ম্মগী মর্ম্মবু যুম্না খংলবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা য়াম্না অকবা ব্যবস্থা তাক-লমই। পণ্ডিতশিংনা হায়খি "থরাই থাদোকপা নত্তনা পাপ অসিগী অতোপ্পা প্রায়শ্চিত্ত অমা লৈত্রে। থরাই থাদোকপা অদুসু অশাবা ঘী থক্লগা. তোগদবনি, নত্রগা মাইকৈ মরিমক্তা য়াই পৈশিল্লগা য়াই অদুগী মরাইদা কমগদবনি। অদুগা য়াই অদুদা মৈ থারগা তপ্না তপ্না হকচাং অদু চাকথেকহন্দুনা শিগদবনি।"

পোকপদগী নিংথৌদ্রি হুংঙাইবা ভোগ তোবনা স্বভাব ওইরক-লবা অমমতুং হুংঙাই য়াইকবা মরক্তা চাউরকলবা সুবুদ্ধিরায়গী রাখলনা ব্যবস্থা অসিবু য়াবা ঙম্লমদে। মহাক্না অয়াংবা (অয়াইবা) ব্যবস্থা অমা কংননবগীদমক বারাণসী (কাশী)গী পণ্ডিতশিংগী নাক্তা অমুক চৎখরে। কাশীগী পণ্ডিতশিংনসু মথক্তা হায়রিবা ব্যবস্থা অসি অদুম পীরকলে। মথরাই থাদোকপা ওমত্রবা সুবুদ্ধি-রায়না মতম থুদিংদা কোইচেপ চেন্দুনা মশাগী পুন্সি লৌরমই।

মতম খরা লৈরগা সুবুদ্ধিরায়না গৌরাঙগী মীং তাদুনা প্রভুগী চরণদা চেনশিনজবে অমহিকতুং মশাগী অরাবা য়ারী

পুন্নমক অহু হকৎচয়ে। পুন্নমক অহু ভায়গা প্রভুনা তাকপীরমই—নশানা য়ানিংদনা থয়াই খাদোকন্নুবনা করিন্নু কায়বা কংঙোই। বৃন্দাবনদা চৎলো, মতুদা লৈয়গা অহিং নুংথিল অমিমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংউ, শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লু। অদুগা ভক্ত মহাত্মাশিংগী সেবা-পূজা তৌ। ভগবান্‌গী নামতনা মপোক লিশিং কয়াগী পাপ মাংহল্লিবনি, মসিদা মপোক অমগী য়াদি করি লৈবগে?

সুবুদ্ধিরায়না প্রভুগী য়াথংবু কোকথক্তা হাপচয়গা বৃন্দাবনদা চত্তুনা বাস তৌথি। হায়বৈ—মহাক্না উমংদা চংত্তুনা শিং চন্নুরগা কৈথেলদা য়োল্লি। মতুদগী কংলকপা শেল তংথাই অমরোম্না চান-থক্লবদা শিজিন্নগা অয়েম্বা শেল মথৈনা চুকান্দার অমগী মকমদা থমমই। থমজিল্লিবা শেলশিং অহু লাইরবা যাত্রিক অমদি ভক্তশিংগী তেংবাংবগী থবক্তা শিজিন্নখি। ধন্য নি, ভক্তিতনা খ্বাইদগী অথোইবনি। মতৌ অসুম্না সুবুদ্ধিরায়না ঈশিং থক্লুবগী পাপকী প্রায়শ্চিত্ত অদুতা তৌখিবা নত্তে, মপোক মপোক কয়াগী পাপকী প্রায়শ্চিত্তসু মপুং ফানা তৌবা ঙমখি।

গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা কলিগী জীবগী অশোনবা অসি উবিত্তুনা হরিনাম প্রচার তৌবিরম্বনি। শাস্ত্র কয়ানা নামগী মহিমাবু শকশোল্লি।

কৃষ্ণেতি মঙ্গলং নাম যস্য বাচি প্রবর্ত্ততে।
ভস্মীভবন্তি রাজেন্দ্র মহাপাতককোটয়ঃ॥

বিষ্ণুধর্ম্মে।

হেরোজেন্দ্র! মকলগী মমক ওইরবা 'কৃষ্ণ' হায়রবা মীটু অসিবু লোশিন্নবা মী অমগী মহাপাপ কোটি কয়া মং ওই (মাংই)।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা।।

বৃহন্নারদীয় পুরাণম্।

হরিনামতনা অথোইবনি; কলি যুগ-তা হরিনাম নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। কলি যুগ অসি দোষ মথল মথলগী ভুং-নকম ওইরবন্না যুগ অসিগী অচৌবা গুণ অমা লৈ। কলিযুগ অসিদদি শুপ্পগী নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবতনা নিংজবা পুম্বা পাংথোক্তুনা মুক্তি ফংবা ঙমই।

কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরিকীর্ত্তনাৎ।।

শ্রীমদ্ভাগবতম্।

সত্যযুগ তা শ্রীভগবান্‌বু ধ্যান তৌজবগা, ত্রেতাযুগ তা যজ্ঞ তৌজবগা অমসুং দ্বাপরযুগতা পূজা তৌজবগা ফংইবা ফল অদু কলিযুগ অসিদদি হরিসঙ্কীর্ত্তন তৌজবতনা ফংবা ঙমই।

বায়ুপুরাণে জম্বুদ্বীপবর্ণনে নর্ম্মদাতীরে বৈকাবান্ প্রতি

শ্রীভগবদ্বচনম্ —

মদ্ভক্তাঃ সত্যমেতত্ত্ব্
বাক্যং মে শৃণু তাধুনা।
সঙ্কল্পচারয়নাম
মত্তুল্যো জায়তে নরঃ।।

বায়ু পুরাণদা জম্বুদ্বীপ বর্ণনদা নর্ম্মদা মপান্দা বৈকুণ্ঠশিংগী মকমদা শ্রীভগবান্না ভাকপীখি—"ঐগী ভক্তশা! অয়েক্না মা অসি ভাম্নো, অমুক্তং ঐগী মীংবু শোঙ্গৎলিবা মহাক অদু ঐগা মায়রবনি।" খোঙ্গেল য়াংনা হরিনামবু শকশোঙবা অসিমক য়াম্না কান্নবিভাই ওইরবা সঙ্কীর্ত্তন অমনি।

শ্রীনারদীয়ে প্রহ্লাদবাক্যং—

জপতো হরিনামানি স্থানে শতগুণাধিকঃ।

আত্মানঞ্চ পুনাত্যুচ্চৈর্জপন্ শ্রোতৄন্ পুনাতি চ॥

হরিনাম জপ তৌবদগী খোঙ্গেল য়াংনা হরিনাম শোঙবনা শরুক চাম হেন্না কায়ে। মরমদি—জপ তৌবা মীনা মশাতবু শেংদোকই তৌইগুবমুং খোঙ্গেল য়াংনা কীর্ত্তন তৌবা (শোঙবা) মী অদুনদি মশাবুসু তাবগিবশিং অদুবুসু শেংদোকপি।

হরিনাম শোমবগী মরিদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা পীবিরবা উপদেশঃ—

চেতোদর্পণমার্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্বাপণং

শ্রেয়ঃকৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূজীবনম্।

আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং

সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনম্॥

শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তননা থম্মোই-গী মমৈ শেংদোক্লই-অমমুং সংসারগী কয়বা লৈমৈবু মুংথহল্লি। (পাপ-তাপ পুন্নমক মাঙহনবা সংসার বন্ধন অসিদগী জীববু নাম্বোকহল্লি)। হরিসঙ্কীর্ত্তননা মঙ্গলগী-য়শক ওইবা থবোগী মকমদা থাবল পীনবি (থাগী মঙাল কাংবদা

থরোনা শাংপগুম শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তনগী মতিক মগুণনা জীবগী মথল খুদিংদা য়াইকবা ওই )। হরি সঙ্কীর্ত্তনদি বিদ্যাগী মশক ওইরবী বধূ ( মহিলা ) গী-পুন্সিনি। হরিসঙ্কীর্ত্তননা আনন্দগী মশক ওইবা সমুদ্রবু হেন্দুংহল্লি। শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তনগী খোঙথাং খুদিংদা প্রেমামৃতবু মপুং ফানা আস্বাদন ( চুপচবা ) কই। শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তননা প্রাণী পুম্নমক্কী আত্মাবু আনন্দরস-দা লুপহল্লি। অসিগুম্বা গুণ পুম্নমক্না ডিন্নবা শ্রীকৃষ্ণগী নামসঙ্কীর্ত্তননা মরম খুদিংদা থ্বাইদগী অথোইবা ওইরি।

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥

মশামকপু নাপীদগী হেন্না তোল্লি হান্না খঙ্গরিবা, উ-গুম্বা অথাংকন্দুনা য়েরুবা শরুপ পুম্নমক্কী মন্তোং পাংইবা, চাউথোকপা নৈতবা অমসুং আতোম্বশিংবু ইকাই-খুম্নবা মী অদুতনা মতম পুম্নমক্তা শ্রীহরিগী নামবু শোনবা ঙমজে।



# নামাপরাধ

শ্রীহরিনাম জপ তৌবদা, সঙ্কীর্তন তৌবদা অমসুং উপাসনা তৌবদা নামাপরাধ লৈতনবা চেকশিনগদবনি। পদ্মপুরাণদা নামাপরাধ অসি মখল তরা থোক্লা লৈ।

সতাং নিন্দা নাম্নঃ পরমমপরাধং বিতনুতে
যতঃ খ্যাতিং যাতস্তমুপহসতে গর্হয়তি চ।
শিবস্য শ্রীবিষ্ণোর্য ইহ গুণনামাদিসকলং
ধিয়া ভিন্নং পশ্যেৎ স খলু হরিনামাহিতকরঃ ॥১॥

গুরোরবজ্ঞা শ্রুতিশাস্ত্রনিন্দনং
তথার্থবাদো হরিনাম্নি কল্পনম্।
নাম্নো বলাদ্ যস্য হি পাপবুদ্ধি
র্ন বিদ্যতে তস্য শঠস্য শুদ্ধিঃ ॥২॥

ধর্মব্রতত্যাগহুতাদি সর্ব—
শুভক্রিয়াসাম্যমপি প্রমাদঃ।
অশ্রদ্দধানে বিমুখেঽপ্যশৃণ্বতি
যশ্চোপদেশঃ শিবনামাপরাধঃ ॥৩॥

শ্রুতেঽপি নামমাহাত্ম্যে যঃ প্রীতিরহিতো নরঃ।
অহংমমাদিপরমো নাম্নি সোঽপ্যপরাধকৃৎ ॥৪॥

জাতে নামাপরাধেঽপি প্রমাদেন কথঞ্চন।
সদা সংকীর্তয়ন্নাম তদেকশরণো ভবেৎ ॥৫॥

(১) সাধু বৈষ্ণবশিংবু করেমখা অমদি নিন্দা তৌবা। নামগী মহিমা মসি মচোবা অপরাধ অমনি।

(২) শিব অমসুং বিষ্ণুগী নাম-গুণ অসিনচিংবদু তৈরবা খুঁদী উবা (শিব-বিষ্ণু অনি অসি খেঁদ্রে লায়না থনবা)।

(৩) গুরুবু খওইদবা।

(৪) বেদ-নচিংবা ধর্মশাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা।

(৫) হরিনামগী গুণদা অর্থবাদ কল্পনা তৌবা, হায়বদি—শাস্ত্রদা উৎলিবা নামমাহাত্ম্য অদু থাজদবা নত্রগা নামগী অকাওবা অর্থ অদু থাদোক্লগা ইতোপ-তোপ্পা কাল্পনা অর্থ অমা তৌরগা। মতুংদি—হরি—হায়বদি হরণকারী চোর (হুরানবা) অসিনচিংবা।

(৬) নামগী পাঙ্গলদা পাপকী থবক তৌবা; হায়বদি নামগী প্রভাব লৈবনা পাপ পুরম্বক তোকহনি-অমুম্বা খন্দুনা পাপকী থবক তৌবা। [লোনবী মহাক অহূর্বী শোংনিংতাই লৈতে।]

(৭) নাম-বু ধর্ম, ব্রত, দান অমসুং যজ্ঞ-নচিংবা অফবা কর্মশিং অসিগা মাদ্রে হায়না থনবা।

(৮) থাজদবা মীদা নামগী উপদেশ পীবা।

(৯) নাম মাহাত্ম্য তাবরবসু শ্রদ্ধা ভক্তি পোক্তবা (নাম পোম-থরী থবক্তা চংতবা)।

(১০) ঐনি, ঐগীনি—য়াখল অসি তৌদুনা বিষয়-ভোগ নচিংবদা পুক্নিং চংবা।

মসি'পুম্বসি নামাপরাধ-মক্তনি। থওইদবদগীদু ওইরবসু করিগুম্বা মরম অমগী নামাপরাধ ওইখবদি মতম পুম্বমক্তা সঙ্কীর্ত্তন তৌরম্বা নামগী মকমদা চংজগদবনি। অদুম তৌরবতদা অপরাধ অদু কোকই।

---

## মঙ্গলকামনা

কল্যাণানাং নিধানং কলিমলমথনং
পাবনং পাবনানাং,
পাথেয়ং যন্মুমুক্ষোঃ
সপদি পরপদপ্রাপ্তয়ে প্রস্থিতস্য।
বিশ্রামস্থানমেকং কবিবরবচসাং
জীবনং সজ্জনানাং
বীজং ধর্ম্মদ্রুমস্য
প্রভবতু ভবতাং ভূতয়ে কৃষ্ণনাম।

মঙ্গলগী তুংনকম, কলিগী পাপপু মাংহনবা, অশেংবশিংবুহু শেংদোকপীরিবা, থিদ্বা অমুক তোদনা—অখোইবা খুতম কংনবা চংলিবা—মুক্তি পাম্বা মীগী পাম্বৈ (চেংজেন) ওইবা, কবিশিংগী রাওাংগী পোথাকম ওইবা, অকবা মীশিংগী পুন্সি ওইবা অমত্তুং ধর্ম্ম-উপাধীগী মরু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনাম-না নখোয়গী য়াইফনবা শিনবিসনু।

শাকে গ্রহশরস্মৃতৌ শ্রীকৃষ্ণস্য প্রসাদতঃ।
পূর্ণিমায়ামিয়ং মাঘে পুস্তিকা পূর্ণতাং গতা॥

ওঁ শান্তিঃ॥



# চৈতন্য প্রভুগী অশম্বা লীলা

## অশ্রাবনা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৬ | ১১ | যত্র | যাত্রা |
| ১৬ | ১৭ | গুজখরে | গুমজখরে |
| ১৬ | ১৮ | ব্রহ্মণ | ব্রাহ্মণ |
| ১৬ | ১৮ | তোবা | তৌবা |
| ১৬ | ২১ | মথন্তা | মথক্তা |
| ২১ | ৪ | তোনবা | তৌনবা |
| ৩০ | ৫ | সম্পরদায় | সম্প্রদায় |
| ৩২ | ৩ | কর্ত্ত | কর্ত্তা |
| ৩৩ | ৩ | লোবা | লৌবা |
| ৩৮ | ১৬ | কয়ব | কৈয়ব |
| ৩৮ | ১৭ | আনন্দম্বুধি | আনন্দাম্বুধি |